# খলহৈবা খরা খলহৈদবা খরা





য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার

# খলহৈবা খরা খলহৈদবা খরা

য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার



অশৈ রাফোঙ য়োকখৎ লুপ
ইতম নুঙ্জোই

KHALHEIBA KHARA KHALHEIDABA KHARA
(Thinkable Unthinkable)
*A collection of 104 poems*
*in Manipuri by Yendrembam Randhir Kumar*





| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | এপ্রিল, ২০০৩ |
| অফোঙবা | ঃ | অশৈ ব্রাফোঙ য়োকখৎ লূপ<br>ইতম নুঙ্গোইগীদমক<br>অইবা মশানা |
| ফংফম থোকপা পূম্নমক | ঃ | য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার |
| কপি মশীং | ঃ | ৫০০ |
| মখূমগী লাই | ঃ | রতন লূব্রাং |
| মমল | ঃ | লূপা ৬০/- |

Printed at : **Puthiba Press (Computerised)**
Khurai Lamlong Keithel, Imphal -10

# লূপকী মায়কৈদগী

অইবশিংনা নোংমা নোংমগী চেবাংশিংদা খোৎচিল্লকপা ৱারেং শৈরেংগী পোখোকশিংনা সাহিত্যগী পূক্কৈ হেনগৎহল্লি। তোঙান তোঙানবা লোনশিংদা মাগী মাগী তোপ-তোপ্পা ৱাখল্লোন পুবা লাইরিকশিংবু অইবশিংনা পুথোক্লবা হোৎনবা খক লেপ্তে। হেন্না ফবা মখলগী লাইরিকশিং ইননবা অইবা কয়ানা হেন্না হেন্না চঙশিন্নরকই।

মণিপুরী সাহিত্য ভারতকী অতৈ লোনগী সাহিত্যগী খোঙচৎশিংগা শন্নবা হোৎনরকপা অতেনবা খোঙচৎ নত্তে; মসিগী মথংদা মালেমগী থাক্তা লৈরিবশিংগা চৎমিন্ননবা লম্বীসু অরায়বা খক ওইরোই। অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লূপ্না হাইদোক্লুনা লৈবিবা সাহিত্যগী খূথাবু পামজবশিং চিংশিন্দুনা পূক্নীং থৌগৎলগা মীয়ামদা খূদোল তমহন্নবা ১৯৯৩ দগী হৌনা হোৎনজরক্লি। *খলহৈবা খরা খলহৈদবা খরা* কৌবা য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমারনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা লূপ অসিগী ১১শুবা লাইরিক্নি।

পুথোকচরিবা শৈরেংগী লাইরিক অসিবু লূপকী মহূৎ শিন্দুনা মীয়ামগী মফমদা সাহিত্যগী খূদোল ওইনা লাপ্থোকচরি।

এপ্রিল ১০, ২০০৩

**য়াইম্না হাওবা**
*সেক্রেটরি*
**অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লূপ**
**ইতম নূঙ্জোই**

# হায়জনীংবা খরদং

শৈরেংনি খঙ্গদুনা ইজরকপশিং ফনা য়াম্না য়ামখৎলকই। অমরোমদা ইবগা ফোঙবগা মরী য়াম্না নক্লবা পোৎনি। ঙমদবগী ব্রানি ফজববু ফজরবদি অইবা খূদীং ফোঙদোকফম থোকপনি। মতাং অসিদা ঐগী শৈরেংশিংসি চাননা ফোঙগেনা তৌরুবা মতমদদি ফোঙবদা মতীক চারম্মরোইদবোইদা হেক হেক অমুক খল্লকই। অদুবু অঙকপনি! য়াম্না থোইনা হেন্না খঞ্জিল্লুরর্বাদ কনানসু থবক অমত্তা লুই হায়দুনা পাঙথোকপা ঙম্মররোই অদুনদি, (খরা অমুক লায়থোক্লা খল্লগা) হঞ্জিন হঞ্জিন তানমিন্নদুনা শেমদোক্লগা শৎ হেক্তা ফোঙলগা লোইরে হায়বা থৌনা অমা কদায়দগীনো খংলাক লাক্লুনা লাইরিকসি থৌরাঙজখি।

শৈরেংগী মরমদা ঐ করিসু খঙজদে, অদুবু মসিবু খঙননবা থিবর্দি লেপ্তে। থিনা থিনা থিরিঙৈ মনুংসিদা খলহৈবা খরা খলহৈদবা খরা হায়না মিংথোল্লিবা লাইরিকসি পুথোকচরি। *তশেংনা হায়রবদা শৈরেংবু খঙননবা শৈরেংবু ইবা হায়বদুনি।*

ঐখোয়গী খুন্নাইগী ব্রে ওফ থিংকিং অসি অয়াম্বা মতমদা রেশনেল ওইদে হায়জনীংই। পোৎশক নংত্রগা থৌদোক অমগী ওবজেক্টীব ট্রুথ পুথোক্লনবা হোৎনবা হায়বসিসু অরায়বা ব্রাফম অমা নত্তে। ঐখোয়গী খুন্নাইদা লোজিকেল ওইবা ব্রা ঙাঙবা য়ারক্তবা, ঙমসু ঙম্মরক্তবা পেন্দবা কয়াশিংসিদগী ঐহাক্তা খুন্নাইগা লেপ্পা নৈতনা চিংখায়নবা অমা হেক হেক লাকই। ঐঙোন্দা ফাওরকপা পেন্দবশিং অমসুং অতোপ্পা পামদবা থৌদোক অমদি শক্তমশিংনা কোক মনুংদা লেপ্পা নৈতনা নৈশল্লকপদগী ঐগী শৈরেংশিং থোকহল্লক্লবগী মরমশিং ওইখি। অদুবু লোজিকেল ওইবা ওইদবা হায়বসি মী মীদুগী নৈজরিবা ব্রাখল লৌশিংগী মখা পোনবনি। নাকল অমরোমদা ওবজেক্টীব ট্রুথ হায়বসিদি মী মীগী (সবজেক্টীব ওইবা) মোত অদুনা লেপ্পা য়াদে।

লাইরিকসি তারক্নবা লাক্নবদা শৃশকী অহলশিং — ওঝা রামেশচন্দ্র, ওঝা আনন্দ অমদি ওঝা য়াইমদগী মমল য়াম্নবা পাউতাকশিং লৌজখি হংনীংবা কয়া হংজখি। মরূপ মৈপাক্না য়াম্না চেকশিনহন্নীংবগী ব্রাখল ফোঙদোকপিরকখি। নোংমা আই. এস. থৌনানা ঐহাক অসি শৃংলানথোক ফগৎহন্নীংবগী অকনবা মোত পীবিরকখি, মদু নীংশিংদুনা থবক তৌজখি। অদুবু অদুম্মক অব্রাবা ওইজরি।

য়েংবদা পীকচরবসু পুথোক্নবা লাক্নজবদা ঐগুম্বা অমদদি মসি চাউপ্রবা থবক অমা অদুম মওইরম্মী। পিশক পীক্না চাউবা থবক হায়বদুনি। পামজমনবদগী নীংজবা ব্রাখল্লোন খরদং শৈরেংনি খন্দুনা ইথোকচরগা কুইনা মংদুনা লাক্নবা নোংহৌ অমত্তং চুথজবনি। সাহিত্যদা ঙমজবা খূদোল মচা অমত্তং তমজবনি হায়না লৌবিগনি।

য়েন্দ্রেম্বম রনধির কুমার

কংলা সঙ্গোমশঙ
এপ্রিল ৮, ২০০৩

## মাওফম তাক্পা

## ষণজেন্নহাগী ষণয়াম

মথন্তগী ৱাখলনা
চংচবা নংতে চীংলম্বীসিদা
লৈম্বেগী মৈশারক্তা
লীক্লাগী অঙাংবা মথক্তা
নোংলক্তা
নরক্তা
ঈশিংদা
অপুম অশাগী মবক্তা
হোইরিবা মক্তনি চংলিবশিং
চংলিবা ষণযাম অসি
ঙসিগী নুমিদাংৱাইবম অসিদা
হোইরিবনি ষণজেন্নহা অমনা
মখূংতা নোংমৈ পাযরদুনা ॥

## চোকথবা

মচা কায়নখ্রবী
পলেম মাগীদমক
শিরাং শীজ্বরদুনা
পাম্বোম তিংলম্বা গুজ্জীরশিং
চোকথখ্রমাল্লে
তূমথম্রে — খ্রো খ্রো নাখোক্নুনা
মতম চুপ্পগী ওইনা ॥

## তাইবঙ ঝাংমদা

মপূকচেল শেংবা
শেংনা শেংনা ঙাঙবা
শেংনা শেংনা চৎপা
ফংলরোই তাইবঙদা খিবদা
চৎলো থিবীরুরো
শূমাঙ লিলাগী ফমপাক্তা
ফিলমদা
ঝারী মচাদা
উপন্যাসতা
শৈরেংদা
মঙলান্দা
ওইদবা চীরোলদা
মদুগুম্বা তাইবঙ ঝাংমদা
ফংগনি হৌজিকশু শোয়দনা ॥

## লাইবক থীবা

খল্লম্মী ঙরাংদি নেতা ইরাবত
নরাইবক ফৈদকো নহাকসে
তুংগী মীরোলনা শক্ক শোন্নবীবা
ঙসিদি
লৈত্রেদকো নঙমুক নরাইবক থীবা
অমাংবা খূৎশাশিংনা শোকপা হৌরক্কবদা ॥

---

*খলৈত্রো থরা খলৈত্হেন্দ্রো থরা*

## ইপুবোক্পী খূদৈ

মসি ইপুবোক্পী খূদৈনি
ইপুবোকপু য়াম্না নুংশিখি ঐনা
থম্মোইনুংদা ইক্কাইসু খুম্নজরি
অদুবু ঙসিদি
ফন নুংশিজখি হায়দুনসু ঐনা
শেংতুনা চংলুবা থোক্লবদি মীরকসিদা
শেগায়রবা মাগী অমনবা খূদৈসিবু
করিবু কান্ননি ঐনা
চাওখৎপা তাল্লিবা মালেম্নসিদা ?

## মীত্রং

লায়রবীনা হংজৈ
মাগী নূপা লায়রবদা
— মীত্রং হায়সিবু করিনো
খুম্মী মাণী নূপা লায়রবনা
— ইচা তরেৎ অসিবু
করিসু লৈত্র ঐখোয়না
চাউনবা য়োকলকপা
মীত্রং হায়বু অসিনি ।।

# তৃমলমদাই

তৃম্বনা ময়াদ্রবদা
তৃমলমদাই খুদীংগী
অসুম্না খল্লি
হীপ্পা হীপ্পা ঐনা

— ওইদবা ঙাঙবগী দন্দি
শুকফং ফংদে
পাপ তৌবগী শাপ
শুকথুং থুংদে
মানা মানা তৌরুবা কর্মগী ফল
শুকফং ফংদে

ব্রাশক থুগায়রবা
চীরোল তৌবা
লৌনম শোরি তৌরুবা
শেঙ্গা-থুমজা তৌরুবা
নুপী লোনবা নুপা লোনবা
হূরান-চীন্থী তৌরুবা
লাই কনানা ব্রারক্তে ... ...
তৃমথখি অনৌবা মন্ত্র অসিদা
তৃম্বা য়ারমদবা ঐ ॥

# তকশি

থেঙমল্লি
হাইফেং থেঙমল্লি পুপু
নুমীৎ অসিদা চায়নবগী
অনীমক্পা খক্লিবা ঈখেংলক্তা
য়াতানখ্রবদা মালেম লৈদা
লীথোকপীররি ব্রারী
মচীন মনাউনি হায়বগী
য়ারে খামদ্রবসু পুপু
য়াতানখ্রে মখোয় লোইনা য়াতানখ্রে
পুপু
পুপু নহাকপু কনানো ?
করিগীনো নুমীৎনা তারমদাই অসিখক্তদা
থেঙমল্লি
থেঙমল্লি
কক্লুনা কেনখ্রবা কান্দা
মকোকশিং অসিনা লৈমায়থক্তা
শমজিল্লুগনি করম্লা অমুক
নহাক্কী খোয়থুম্লবা ব্রাবীদুনা ?

# মীকপ থোক্তবী

মতম কুইনদগী
মীকপ থোকলক্তবী নুপী —
নাম্বুবীরদুনা নঙগী কোকথক্তা
মোল্লবা অন্ধবিশ্বাসকী খূৎশানা
শুমলি নঙবু হুম হুম ...
মদুদা নঙনা
হুল্লি তূমখুল নঙনা নীংঙাইদনা
কৌবা তাদনা লৌশিংবশিংনা হৌদোকপা
অদুবু লাউরি নঙদি মঙলান্দা
— মীকপ থোকলে, মীকপ থোকলে
তূম্না তূম্না অশিবদৌনা
হৌদোক্লুই নঙবু অমুক্কা হন্না
নোম্বীরদুনা নরেংজুম
য়াকায়রক্কদ্রা খন
লৌশিংবশিংগী খূৎশানা
অদুবু নঙদি
থোকউ য়াদে মীকপ অদুম্মক ।।

# লিলা

তারগা ঐনা
মী শিবগী পাউ
নুংঙাইবা পোকই শাথীনা ঐ.
তারগা অতৈনসু
ঐ শিবগী পাউ
ফাওনগদৌরিবনিকো নুংঙাইবা অসুম্না।
অথেঙবদা ঙরাং অহিং
তাখি নোংমৈ কাম্লগী মখোল
অদুবু ঙসি অয়ূক অসিদা
তাদবসিদা মী শিরম্বগী পাউ
ইশাসিদগী লোইনা
মাঙখ্রবগুম তৌইদা
ঐগী হৈনীংলম্বা পূম্বা
ওহ্ !
শিবা, নহাক ঙসিদি
শূমাঙ লিলাদা শিবগুম লৌনরবা
লিলা য়েংবগুম নুংঙাইরক্লবা
লিলানিকো শিবা
অশিবা অশিবা অশিবা
লিলা লিলা লিলা ॥

## ঈ থোক্লবা মালেম

মফি থোংদ্রবী মালেমসিগী
মনঙ্গলসিদা ঐনা
খূজিন্না হেক শীকপদা
কাপথোরকই
অঙাঙবা ঈফূৎ অমা হেক্তা
শীক্লু শীক্লুবা মফম খূদীংদা
— ওইরমানে
মানা নুমীৎ খূদীং থকখিবা
মচাশিংদগী শীন্থরকখিবা ঈথেংশিংদো ।।

## ঐগী ব্রাহং

হাংলিবা মীদুনসু হাংপবু
শান্নবা ওইনা খল্লবা
শিগদবা মীদুনসু শিববু
পোংথাবা ওইনা খল্লবা
য়েংলিবা মীদুনসু শিববু
লিলা ওইনা খল্লবা
হায়য়ু ফিভম অসিবু
মতৌ করম্না ওইখিবা লমদমসিদা ।।

## মঙফাওনবা

ঐখোয় ইশেল হাৎতুনা চানরিবা
অশোন অশোনববু নেৎ-নেৎতুনা চৎনরিবা
লমদম অসিবু ঐনা
ইরৈপাকনি হায়দুনা
চাউথোকচনা হিংজরম্বা
ব্রাখলগী লৈরাং অদো
কুইখ্রেদা লৈমনবু চনখিবা !
ইরৈচাশিংগী মরকসিদা
লমলানবনি ঐ
অদুগা
করিগীনো ঐনা ঙাওরিবা
মতম অসিদা ঐনা
ইরৈচা ইরৈচা
ইরৈপাক ইরৈপাক
মীনম্বা ব্রাহৈশিং অসিগী মরক্তা ॥

## কিজরেদকো

খল্লুরগা পুরক্কদ্রা হায়না
নুংঙাইববু নীংতম্বনা
খল্লকই ঙসিদি নৌহৌননা
পুখিগদৌরমাল্লে হায়না
নুংঙাইবদুম নীংতম্বনা ॥

## ইতিহাস
## (১)

কাঙলূপ মশেলগী মরক্তা
চাকখৎলক্লিবা মৈরী মচা অমত্তুংবু
নঙগী চেনাশিংনা
হুন্ন-হুন্নদুনা হুমাই ওইনা
ফগৎহল্লি মৈচাক
ওইহনবমখৈ মৈজাউবী ॥

## ইতিহাস
## (২)

নঙগী চেনাশিংদা
ইবল্লবা ৱাহৈশিং অসিনা
হল ওইনা চাশিল্লকলে ফূরুপ কয়াবু
মরেঙ মরেঙ চৎলবা হল মখোয়না
লোক লোক লাউনা চাথোক্লবা
মীওইবা খুন্নাইগী পুন্নবা ৱাখলসিনা
চাউথোকচরি নঙবু পার-পারগা
অচুম্বদি ফংবা ঙমদে
অদুবু অচুম্বনিদি খনবা তোক্তে ॥

## ইমফাল

পূমওন ওন্নে ইমফাল
কনানা কনাবু কিনদে
কাওসু অদুমঙাই
মীরক্তা কৃল্লি নুংঙাইনা
শেল্রাংশু অদুমঙায় ইনক নক্লা চাক্তাই
ঊচিসু অমহা অমহানি
চেল্লরি ইনাক্তগী ঙা-মকোক
নিশা থিংবা কাঙবুসু
য়ুয়োনফমদগী শেল খায়রি
কালা বাজার তৌবী নূপীশিংগা
ঙাথু-থেংথুনরি লমচৎ নাইদবশিংগা
করিমত্তা খল্লুবা লৈতনা
ইফোং ফোংবা মফমদা
মতৈ মনাঊ নৎতবা নূপীগা নুপাগা
শানরি মতৈ মনাঊগী ৱারী ।।

## মাঙখ্রবা মৈরীক

ইতিহাসকী চেনা খরনা
মাঙহনখ্রে মৈরীক অমদি ননশিন্দুনা
অসিগুম্বা মৈরীক অসিনা
শাফোঙলক্তবা ওইসনু নোংমা
মৈজাউ ওইনা ঐখোয়গী লক্তা
চেনাশিং অসিদগী হৌরক্লুনা ।।

## আশা

কান্নদ্রবা
মীরেম ওইরক্লবা পুন্সিদুনা
কিবদগী শিববু
নংত্রগা
অসুম হিংলুবা থোক্তুনা
মওল মওল খল্লকপা অদুবু
হায়শিগেনে আশানি করম্না ?
লোইনাই খম্নাইদ্রবা
মঙলানগী মথোল মথোল মথোল
মদুনা কাউহল্লবা অৱাববু ঙাইহাক্তং
ঙাইহাক্তং ওইরবসু
মদুবুরা আশা
মদুবুরনে আশা হায়বদো ?

## পেবেৎকী ব্যবহার

অয়ো য়ো ইবুংঙো —
নঙগী নয়া পূম্বদু
চানা শাগেরা
লৈবাক্লা শাগেরা
ৱানা শাগেরা
উনা শাগেরা
ইয়া য়াই, ইয়া য়াই
পেবেৎনি ঐখোয় পেবেৎ ॥

# ঈগী খাউ

কবিবু কান্নবা ফংলবগে
ঈনা পীক থল্লবা উনশাগী
খাউশিং অসিবু
থিন্দংলগা হেক হেক নঙনা
নোংমৈ মঙ্গী তুল্লবা তিংখংশিংদুনা
থন্না য়াওবি ঐগীসু উনশাগী খাউদা
ঈ মবীক কয়া কয়া
শিন্নবন্না ইপা-ইপুশিংনা
ঈতবু ঈখৌ লাংবশা
ঈহিং তাবা য়াদবশা
পুবকউ শায-তিংখংগুম তুল্লবা থৌববা
নঙগী নোংমৈ মঙ্শিং
হোহল্লো লাউ থিন্দংলু লাউ
ঈনা থন্না যাওববা
ঐগী উনশাগী খাউ মচাসে
অদুগা
থক্লোলাউ যাউম থন্না
মসিদগী থোকলকপা ঈগী ঈফৃৎসে ॥

## লাক্লে হায়না লৌজরে

হেলো হেলো
এটেনসন প্লিজ
অমুক কৌশিনজরি মথংদা
ফ্রিস্কিং তৌরম্বা
আইন ঙাকপা মীওইশিংনা
লোয়নবীরক্কবা শা-ষনগুম্না
হীদাক তৌনবা নুপা অমত্তং
থোকপীরকউ ঙাইহাক্তং
মীয়ামলক্কগী চানবীদুনা ...
১ ২ ৩ ... ৭ ৮ ৯ ১০
ওহো,
থোকলক্কবা কনামত্তনা
লৌজরগে অদুদি লাক্লে হায়না ॥

## লাংজবা ঈখৌ

লৈজগেবা অমুক্তা চীক্লা
হিংজগেবা অমুক্তা ঈংনা
নীংতম্বগী মিংদা
নীংতমদবগী মিংদা
ফংলরোইদ্রা অচীকপা নঙবু
অমত্তা ঙায়রবা ঈরৈবাকসিদা ?

## মতৈ মনাউগী মরী

মীখলগী মতমদদি মখোয়না
লাউশিন্নখি ওনশিন-ওনশিন্নদুনা
চৈনখি মচীন পেন্ন-পেন্নদুনা
হুন্নখি খোঙ্গূল তানদবগী মওংদসু
পার্টি মশেল অমগা অমগা
অদুবু হেক হেক চূংশিন্নে নোকমিন্নে লেংগোন্নে
অঙকপা মতৌনি
অনৌবা সরকার শেমলমদাই,
ওইবমলে অদুঙৈ হায়নখিবা পূন্না
মতৈ মনাউ খৎনবা ॥

## নীংতমদ্রবা শৈরেং

হিংচাবগী শঙুম লৌববা
কংলবা উপাল অসিগী
তিংথোকলিবা মখূৎ-মশাশিংনা
ফাদুনা থমখ্রে ঐগী তেলঙ্গা
মালেমগী যেন্নীংথাগী নুংথিল পোবোপসিদা য়েৎশল্লদুনা
— কবিনো বাবা
  পল্লিবা অসে উথকসিদা ?
— বোবোই,
  কবিসু নৎতে পল্লিবা।
  চৎনবীগী উপালসিগী মশাশিংনা
  ফাদুনা থমলিবনি বাবাগী শৈরেংবু ॥

## মপাম্থোং

ইশাবু ঐনা
তাক্লুদুনা ঐগী ফিজেৎনা
ঐগী লাইনীং লীচৎনা
ঐগী চৎনবীনা
ইমা লৈবাক্লা
কান্নদৌরিসিবু করিনো ?
মপাম্থোং ঙাক্তনি পূন্নমক তৌশিন্নবা
অহোংবতনা থনবা তাইবঙদা
ওইনীংবদা ওইবা য়াবা পুন্সিদা
অপাম্বদা তৌনবা পুন্সিদা
ব্রারুখিদ্রা মীওইবনা মপাম্থোংগীদমক ?
পুন্সিগী মচংদি নুংশিনবনি খঙদবা
মপাম্থোং অসিগীতা শিবা কিনদবা
খাঙবা ঙমদে ঐ
খাঙবা ঙমদে ঐ ।।

## পেবেৎকী আশা

মপোক মপোক খূদীংদা
পেবেৎ ওইনা পোকচরোই
পোকচরগা অমুক্তং
হৌদোঙ লম্বোইবা ওইনা
শিজখিগে নুংঙাইনা ।।

# অরোইবা খোঙচৎ

অচীকপা অহিং অসিদবু
হৌরুনি ঐনা কনাবু
থাপহৌরবা মীয়ামদো, মরূপশিংদো
থৌরাঙলে অদুম চৎলগে ইতোমদা
মমাঙগী খোঙথাফম উঙমদ্রবা
অদুঙৈ পুন্সিনা লাকখিবা মন্নবা লম্বীসিদা
হল্লনি পুন্সিনা অসুম
হাইদোক্লগা অমম্বসিবু লোইরোই লোইরোই
সুমলম্লগা তুংওইনরম্লবা অচীকপবুসু অমুক
ঐগী ঈংলবা খূৎসিনা
ও !
নুংশিদকো তাইবঙপাল
শমজিন্নরমলগেকো
অহিংগী অমম্বসিগা
পুন্সিগী অমম্বসিগা
উইশিল্লগা মীৎসিতমক
হৌজনবা ঐগী অরোইবা খোঙচৎ ।।



# লাইগী মুর্ত্তি

লাইগী মুর্ত্তিদুগী মমাঙদা
মচু মান্নবা ফীজোল শেৎতুনা
ভক্ত লীশীং কয়ানা
শোনর্মিন্নে নুংশিন্নবা লাইশোল
শকমিন্নে মেঙন-ঈংলবা লাইশোল ঈশৈ
অদুবু শর্বনাশ
লাইশঙদগী হেক কাম্থোকখিবদা
খা চীক্লরগা শেম্লরকই মফি
শৎতোক্লরকই নোংমৈ
গুরুং চৎনহল্লকই রেল গাড়ী
মৈ থানরকই য়ূম কয়া কয়াসু
নোংমৈনা লোইশিন্নরকই
থাঙনা য়ানথৎনরকই
য়েংলি লাইগী মুর্ত্তি অদুনা
করিমত্তা হেক হায়দনা
মমীৎফাওবা কৃপ্তবমখৈ
মাগী ভক্তশিংগী মতৌদা ॥

# করি আশা অনৌবা চহীদগী

অনৌবা লৈতে ঐখোয়দা
হাকুমগা কূমশিংগা অমহানি
নৈনা চেম্থরকপনি অনৈবা ঈচেলদগী
কূমশিংসু ঐখোয়না চৎকনি
লাউ লাউদুনা লম্বীদা
মীহাৎপা দন্দি পীয়ু
মীওইবগী হক কল্লু
নেসনেল হাইরেশিং ঙাকপীয়ু
পোৎকী মমল হন্থহল্লু
তলব হেনগৎপীয়ু
থবক লৌথোক্কনু
ময়েক চৎনহল্লু
কংলাদগী আসাম বাইফলজ হোংদোকউ
নোংমৈসু ঐখোযনা চৎকনি অসুম্না
অসুম্না হৌখিনি পুন্সি নোংম-নোংমগী
অদুগা শিগনি ঐখোয
মথোঙ মবম খঙদবা নুমীৎ অমদা ।।

## তীল্লাইখোম্বী চুরবা ফমুং

তূম্বা য়াদ্রে অহীংসে
ঐ ঙসিদি
তীল্লাইখোম্বী চুরবা ফমুংসিদা
কিরক্তবে তমথীরবা অমম্বসে
খোয়বাঙলে য়াম্না চৎনীংলে
অদুবু কদাইদনো চৎকদবা
তীল্লাইখোম্বীনা লৈরমলোইদবা মফম ?

## ব্রাকৎ অমা চিত্রকারদা

মরূপ চিত্রকার
কবি লমগী মীশিংনো
য়েকলিবসিবো নঙনা ?
ওহ্ ! ইরমদমগী
মীয়ামনি হায়বা মখোয়বু ইরমদমগী
এ, মরূপ অদুদি
মপূং ফাদে নহাক্কী লাইসে
য়েকশিল্লু কূ অমমম মকোকথক্তা পুহন্দুনা
মদু নৎত্রবদি
য়েংফম খঙদে ঐ
য়েংফম খংদে ঐ ॥

# মসিনা অশেংবা ৱানিদনা

লাউরম্মী নুপীগী লুচিংবশিংনা
শেগায়দৌবমখৈ মখৌনাউ
খুমলম্মী তুংইনবীশিংনসু
ময়ি চৎহলবমখৈ অতিয়াবু
থাঙৎলদুনা মখূৎশিংদু
হেন্না ৱাংনা নুমীৎ মথক্তগীসু
—— নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনবা মীওই
দন্দি পীয়্
সনালৈবাক্কী শাংলবা নুপীশিংগী
লিংজেল মান্নরবী পবেংবু উরগা
থম্মোই পেঞ্জখি ইম্ফাল সহর
ময়ায়দগী যেংবদা মকোক মমৈ উবা ফংদ্রবা পরেং
— — –
অদুবু লাকপদা নীখল মানা
মতৎ মতৎ তৎখি
মতৎ মতৎ তৎখি
নুপীগী পবেং অশাংবা
চাইথরকপা শেলগী চবুন চবুন
লাক্কদৌবগী চেম্থোরকপদা
মদুবু উরবদা ইম্ফাল সহর
নোকই ফর ফর হাইখৈ
ফর ফর হাইখৈ ।।

# ইচীন ইনাউ

মানা মাইরেল পী
থুম পী ঐনা
মানা পান পী
থাউ পী ঐনা
অদুদগী মাগা ঐগা
কোনশিন্নে হরাউ হরাউনা
ওইনৈ হেক্তা ইচীন ইনাউ
ঐসু মাশু তানীংদে ৱারী
শেমজিন-শাজিনবা মানবা ইতিহাসকী
ওইবম্মী হায়বা অদুঙৈ ইবানি ইচীন ইনাউ
পি তাহনবা ঙমদে
থম্মোই ফূকপা ঙমদে
শাগৎপা ৱাবা ৱারীদুনা
কাম্ব্রোরকখি হায়বা
পলেম পম্বৌ অমত্তগী থোঙজিনদগী
মানা মাইরেল, ঐনা থুম ...
অদুদগী
'য়াম্বা নঙবু নুংশিবা
অদুদগী
ইনাউ নঙবু নুংশিবা ॥

# নৃপী

ঙরাংসু চৎখি নঙ
অকোৎপা ফূরীৎ লীৎতুনা
থরক উহন্দুনা
হয়েংসু লাক্কনি নঙ
শেগা কোৎপী লীৎতুনা
অমরোমদা ঐনা ঙসি
হায়রুরবা লাকউ হায়না
অদুগুম্বা ফীজোল শেৎতুনা
নঙনা হেক হেক চৎপা লম্বীদুদা
ঐনা ইমীৎ পেন্না য়েংজনবা
শাউরি নঙ করিগী ?

# করম্বা অহিংনো সিবু

করি অহিংনো সিবু
নুংশিবা খোঞ্জেল অমত্তসু তাদবসিবু
লমহুই অমদি মকুগী খোঞ্জেলশিং
লাইবৌ চোংবগী অকাম্বা ঈশৈশিং
খোয়দৌ থীৎলবা খোঞ্জেলশিং
খয়াক্লরবা কৌজেঙ হারৌগী ঈশৈশিং ।।

# ইতা শান্নবা

উচি মপী
কয়াদি চাউখ্রবা
লুশমদা লাক্লগা পূবকপা থম্বালনুনা,
মুল্লি ঐনা
হোল্লদুনা শ্বর থবেৎ থবেৎ
পাঙলদুনা মমীৎ তরু তক
কয়াদি নুংশিকবে মাবু
নাম্থোক্লবা লাক্লজৈ কিদুনা ঐবুসু
মীৎতগী পি তানা
হাযখি ঐনা
— নৎতে ঐদি থম্বালনুগুম্বা
নৎতে মাগী পোকমিন্নবা মবুংসু
মীনুংশি চাউবা
জীবশিংগী মন্দপনি ঐদি
লৈবমগনি নঙগীসু নচাশিং
থম্বালনুগীগুম্বা
ঙাইবমগনি নঙবু খৌবাংজনা
থম্বালনুনা থৎলকই মবক
— মাঙহল্লে ফৌ-চেঙ হব্রাই লৈবাক্কী
হাৎকদবনি ফাব-ফারগা
লৈবাক্কী য়েক্লবা মখোয়সিদি
হাযখি থম্বালনুদা
— ঙারী শঙ্গোম চাক হূরান্দুনা
মীগী যেন্নাউ লাক্কুনা
চাবিদুদিনা নঙসু থম্বালনু !

মঙক নোম্মী থম্বাল্লনু,
ইতা হায়না নুংশিনা কৌরকই
উচি মপী অদুদা ॥

## য়ু ঙাওবনা হায়

হে লাই
ঐনা নঙবু লাৎলগা
ঐনা পুন্সিগদবসু লৈতে
ঐনা পুন্সিবোইদৌবসু লৈতে
হে লাই
ঐনা নঙবু লাৎত্রগা
ঐনা পুন্সিবোইদৌবসু লৈতে
নঙদি
লাৎপা লাৎতবা চপ মান্নে
য়ু ঙাওবা ঐনা হাযগদবা হাযববু ॥

## কংলাশানা ঙাইজবা

কংলাশাগী মিতম অদুনা
পামখি অথৌবা লীশিং অমা
মথংদা হন্থরকখি চামদং হায়দুনা
অমুক্কসু হন্থরকখি তরাখক্তুংদি হায়দুনা
অদুদগী অমুকসু হায়বকই হন্থরদুনা
শূপ্নগী অমত্তং হায়দুনা
অদুবু লাক্তে অথৌবদি অমখক্তুংদুফাওবা
কোহ্লিং কাবদুনা
ময়া লীশিং অমা লোইনা কেনথ্রফাওবদা ॥

## নীংতম্লবা ঙা

মনীং তম্লবা ঙাশিংদুনা
চোংখৎ চোংখৎতুনা শান্নে
চোংনীং চোংনীবা মওংদা
ৱাংনা ৱাংনা
ফৈনা য়ুংনা
চোংখৎলুই মমৈদদি কংফালদা ওইনা
চোংথরকপা ঙমদদুনা লৈ ঈশিংদা অমুক
পল্লদুনা নাপী মকা অমদা ॥

## নরক্কী লমদম

উচেক ওইরগনা
পাইখ্রনি নহান্না থাদোক্লম
শা ওইরগনা
চেনখ্রনি মীৎকুপ্তা হুন্দোক্লম
হন্না ফাওবা য়েংলমদনা
অদুক মীনুংশি খঙদবা লমদমসে
ইরৈপাকনি হায়না পোকলম্বা
উচেক ওইনসু পোকলমদা
শা ওইনসু পোকলমদা
মী ওইনা পোক্লুইদা ও ! মী ওইনা ॥

## শিনাইদবা মচাশিং

শিদে
শিবসু নাইবোই ঐখোযদি
হাৎলবসু শিরোই
শিরবসু হিংগৎকনি অনৌবা য়েন্নীংগা
হিংগৎপনা ইথৌনি
শাথীখ্রবা পুন্সিনি
লাইরববু শিবা হৌনব্রা
শাগৈ চাউবা ঐখোয়নি
অসুম অসুম চাউবা হেল্লকলিবা শাগৈ ॥

# ঈঙাগী অহিং

কয়াদবু নুংশিজবা
ঈঙাগী অহিং নঙবু
কূমথরক্তুনা
থবানমিচাকশিংনা লোইনমক
পাইররে পীক্লবা তন্দন ওইনা
লৈখিদ্রবী ইমাগী
মল্লবা মংফম থক্তা
মূৎখ্রবা মৈরাগী ৱাবীনু ইমা
কোকহন্নবগীদমক অমম্বা
ঙাল্লিনে লেপ্পা লৈতনা
তন্দনশিংসিনা শিন্না শিন্ননা
পোৎথাউ
পোৎথাউ
য়াতাবীরো ইমা ঈংনা চীক্লা ।।

# ঐখোয়গী মহিং

পুন্সি মহিংদুনি
লেঙলবদি হিংঙে হায়বা
ঙসি ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি মহিং
লেঙলিবসিনি
হিংবগী খূদম অমা হায়বা তারবদা
অশিবা লিলগী মমৈগুম্মা ।।

## থব্রায়

অহনবা হকচাংদমক মিহৌবা
অমনবা হকচাংদি মিতাদবা
হে, থব্রায়
করিগী অদুক পামন্নিবা অহনবদবু
কাউরবরা নঙবু
মল্ল-মল্ল লৈনুংশি
নঙদি
খুইথববা ঊনশাগী ফীজোল শেৎতুনা
পোৎথানীংদ্রিবা কবিগীনো ঙাইহাক্তা ॥

## টূথব্রশ

মীগী ফনবা তৌবা ঙাক্তনি
খুন্নাইবু শেংদোক্নবা হোৎনজবনি
লৈবাক্কীদমক পাম্বোম তিংনরি
অদুবু ওস্তোকপা অমমম ওইনরি
য়াবু লংহনগদৌরিবা
টূথব্রশ ঙমজদে লূনা নান্না লৈজবা ॥

## মঙ

(ঐগী মঙদনি)
নুমীৎতু ইরমদম অসিগী
মায়কৈ মরি শীন থুংনা
কারম্মী মৈখু পোৎলোইবগী
(ঙাইহাক্কী মতুংদা)
ঙায়রম্মী মংগী মং ঙাক্তা
ৱারম্মী ঐ মংবু নেৎতনবা হোৎনবদা
শোক্লনি খনবদা খোঙনা
উৎচনীংলম্মী নোল্লুকচবা অশিবশিংদা
(অদুদগী)
উরম্মী অমুকসু চোইনা তারিবা অশিবশিং
পোৎলোইবীনবা লৈত্রবা
অশিবমক্তনা অশিববু পোৎলোইবদা তারক্লবা
অশিবশিং — অকংবা
পুমথরবা
মনম চেনদ্রবা
লাউরকই অশিবশিংদুনা শাথীনা
— পোৎলোইবীররোইদ্রা ঐখোয়বুদি
য়েংথোক্লুই কনা লাকপগে হায়না ঐনা পোৎলোইবীনবা
লেপ্লম্মী
মদোম তরক হিংহৌরবা মীহাৎপা অমখক
মীৎকৃপ্তুদা লাউরকই পেল্লদুনা মহাক্লা
মায় পাক্লে হায়বগী খোল্লাউদা
— ইনীং তমলে ঐ ঙসিদি
ৱায়েল্লনি ঙসিদগী ঐ অশিবশিংগী মথক্তা ।।

## মায়খুম

গান্ধী জয়ন্তী
রিপব্লিক দে
অঙাংগী নুমীৎ
নীংতম্বা নুমীৎ
নুপীগী নুমীৎ
নীংতম্বা
লৈবাকনীংবা
অথৌবা
মায়খুম ঙাক্তা ওইরমলে
উপ্লিবা মতমগী নেতাশিংনা
মখোয়গী তমথীরবা মায়থোঙদা
নমথাক তৌনবা চমজববা পুন্সিশিংবু ।।

## মেক-অপ কী দুকান

হাদ, মীরেপ !
লাউনে লৈরোলাউনে
দুকানসিদগী ঐগী
লোইনমক ফংগনি নঙনা পাম্বা
নেতা শানবা টুপি
মায়চৌ শানবা কোই
পূকচেল চাউবা শানবা ফীজোল
লৈবাক নীংবা শানবা ব্রাহৈশিং
লাউ লৈরোলাউ
ফংদবা লৈরোই মফমসিদা ।।

# কাও থাবা

ইপানা নঙবু থাদোক্লবনি
শেল পাম্মী পীবীনি
নৃপী চিংনীংলবসু চিংলুরো
জ্বার শান্ননীংলসু শান্নরুরো
মী ফূননীংলে নৱাচানি
য়ু থক্লীংলে নৱাচানি
কৈশু কায়দে লাইবিক তম্মোই হায়বসু
কৈসু থিংদে ওক্তবী শম্নকুগে হাযবসু
নঙনা এইদস পক্তুনা নারসু
পূদুনা পীগনি নপানা লায়েংশেল
ননীং তমজরোকো
অপাম্বা তৌজরোকো
অয়েৎপা পীররোই ঙসিদগী
থাদোক্লবনি নহাকপু ননীং তম্না
গাড়ী লৈয়ুরা
লৈগে লৌ য়োন্দুনা
অহিং নোংয়ায়দা হল্লক্লবা
নুমীৎ য়ুংবদা য়াহৌনবা
ও ! নহালমখৈ নপা ঐনা
ব্রাখন থেনবা ওইরুবনা
থম্লুরে নঙবু পুন্দুনা
খূৎলাই পায়গেরা
লুট তৌগেরা
শেল লাক্কেরা
ইয়া য়ারে নপাদি ॥

# থব্রায় পানবা

খর্ম্মি
কয়া নুংশিখিদ্রবা
ঐগী ফিবু চীকখায়বা
মেৎখায়বদা মবুক্তু মথীবোঙ থোকখি
মদুফাওবদা মাদি হৌগৎলগা চেনখি
পেলহৌদে হাৎপা নংহৌদেদা
ইযা ! লাকচৈদকো লাকচৈদা
ফেন হুমই লাইবিক পাই
ব্রাখন হোংই টি.ভি. য়েংই
তূমথৈ সোফাদা
মীকপ থোকপদা
চৎলম্মী ঐগী ফম্মাঙদা
চিংলদুনা শোরো শোবো অকায়বা মবূক্তু
কাউকুববা ঙসাইগী লমহেনবা খর্ম্মিদু
ও ! নুংশিদা
কয়াদা ব্রানা চৎলিবা
করিনো ঐনা তৌগদবা ।।

## মচি শাংবা লমগী মণ

বৈজ্ঞানিক অদুনা নোংমগী নুমীৎতা
শাউনা চৈ থাংখি মাগী নুপীদা
লৈমিন্নবিবা নপুবোইবা
ঐনা পীবা পাউতাক্তি
নোংমত্তা লৌ হায়বা য়াদবা
মাইবীনবু হায়বদি
লৈকাইনবু হায়বদি
নঙনা হেক্তা মথাজবা
কবম্বা মখলগী লাযনানো
ঐগী নৃপী নঙনা নাবিবা ।।

## অহেকপা লৈ

শিন্নপ্রে ইনীংবসু
পীখবে ঙাঙনীংলম্বসু
হুঞ্জেকলমলে ঐনা
ব্রাহৈ অমদি খোঞ্জেল
ইবৈচাশিংগী মবক্তা
ব্রাহৈ য়াওদনা হিংবসিনা
পুন্সি ওইজবগে খন
অহেকপা লৈনি
ঐগী আশা ।।

## কমদৌবা

ইপূন পূঞ্জবমদবা লংলাশিংসে
পূনশিন্নখ্রে নোংমা নোংমগী
নোংমদি
হন্দোক্লবা হোৎনকবদা ফিভমসিদগী
তাবক্লবদি লোইনমক মতৎ মতৎ থদৎপদা ... ?

## কিশি

শাথীখ্রবা কিশি অমা
মসিগীনা
মসিননি
হাৎনহল্লিবা
থব্রাযবু পাম্মুবা লৈনহন্দনা
থোকপদা বাববা
কনশিনখ্রবা কিশি অসিনা লাক্লিবা
চাউববা মযোমসিগী মনুংদা
য়োমখ্রে ঐখোয়গী থব্রাযশিং ।।

# খোর্জে-চীঙ্খালনা লেপথ্রবদা নোংমা

চেবাংদা ইথোকখিবা
শৈবেংগী মশীংদগী
চীঙ্খালদা হায়দোকখিবা
শৈবেংগী মশীংনা হেনখি
চীঙ্খালদা হায়দোকখিবা
শৈবেংগী মশীংদগী
থম্মোযদা লৈহৌবা
শৈবেংগী মশীংনা হেনখি
মৈচাক কযানা শুংলকখি থম্মোয়নুংদা
শৈবেং মতূম মতূম
শৈবেংগী কল্ল-কল্লবা নূংদূম
অবোইবদি
ওনখিবা য়াই
ঐগী হকচাং পূম্বসে
শৈবেং কযানা কর্নশিনখ্রবা
পাউখোঙ চল্লিবা অচৌবা নূংদূম অমা ॥

## শেংদোকচবা

ঙরাং তূমলমদাই ফাওবগীদি
শেংদোকচক্নে হাপ্তুনা পাউ-চেদা
শেংদোকচরি ঙসিসুমুক
চপ মান্নবা ৱাফমদা
তূমলমদাইসিফাওবদি ঙসিগী
লঙজখিদে ঐহাক্না করিগুম্বা
ইরাল অমত্তা কনাদা
লৈজখি ফমদুনা ইতোমতা
ঙসি নুমীৎ চূপ্পা অমা অচীকপা কাদা ।।

## সাধু, ঐদি ঙকলে

সাধু
সাধুগী লৈবাক অসিদা
আ !
সাধুনা
খূৎ য়েৎতনা নোংমৈ
খূৎ ওইদনা মালা
মচীন্দনা রাম অমদি শাপ পুল্লপনা
ঙকই ঙকই
ঙকখিবা তারি ।।

## পেবেৎ

য়াম্না ফিংনা থোঙ্গাললদা
চঙলকপদু উবদা
হৌদোঙ লম্বোইবশিং অদুনা
খন্দ ঙমখিদে পূক্লিংনা
করি ইরাল লৈরবা
ইশাফাওবা খঙজদবা
তৌখিদ্রসু ঐনা অরানবা
ফাওবকইদা ঐসে চিংনবা
মখোয়না নাক্তা লেপ্লরবদা
হায়দোকখি 'অয়ো অয়ো ইবুংঙো' খঙহৌদা ॥

## মং জগোয়

করিগীনো নখোয়না
মংনি খঙনা খঙনা
মফমদুদা
জগোই শাশি ঐবু কৌরিবা
করিদবু নুংঙাইরিবা ?
হুং ! ফনমক নুংঙাইদুনসু ঐদি
শানীংদে জগোইদি মং মথক্তা
অদুবু মং অদুনা করিগুম্বা নোংমা
ওইরক্লবা নুংঙাইরবা শান্তীগী জগোয়শঙ
য়াওরগে ঐসু নখোয়গী লক্তা
নুংঙাইরবা জগোই ॥

## খঙদ্রেদা

নৃপাদুগা অৱাং লৈকাই থরোশঙবী
অদুক কুইনা ঙীচং অদু চংলকপদা
কনানা খঙখিদে মাবু ওক্তবী
মপুরোইবনা ঙসি খঙলকপা মীৎকৃপসিদা
তেংথা নাওইনা কপলকলে
— ঐবু ইজ্জৎ মাঙহনবীবে
থৌনা ফবী হৌজিক্তি ওইবে থবোশঙ
ওক্তবা তাহৌরে লাইবকথীবা নৃপাদো ॥

## মচা নুংশিবা মপা অমা

তাই নুংশিনা কিবীবগা
লাইবিক খাউবু যান্দুনা
হবাউনা স্কুল কাহনখিবা
যুমদগী মপম্ম অমা ওইনা
নুমিদাংৱাই পুবকই মচেৎ মচেৎ ওইনা
লাইবিক খাউদা হাপ্লগা
ঈ তৈববা লাইবিক মরক্তা
বাখল চোইববা ঐখোযগী মপাদুনদি
যাম্না তোযনা হায়জখিবনিকো
ইবুংঙো স্কুল কাহনখিনুকো
ৱাখল মাগী চোইবমদে
ঙাওই হাযবীবা ঙাওবমদে ॥

## য়াওল

ইকোই কোইনদবা মওংদা
মমাগা মচাশিংগা
মপাগা মচানুপীগা
মবুংগা মৌপ্বাগা
মমাগা মচানুপাগা
শানরি ব্বারী
পাউচেদা য়াওবী
রেপ তৌবীপ্রবী কনাগী মরমদা
রেপ রেপ রেপ হায়না
হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রদুনা ॥

## মরী

অঙম্বা নঙগা
মীচম ঐগা
লৈনবা মবী হায়য়ুবা ?
তাবীয়ু –
হৱাগাড়ী ড্রাইভবগা শোল্লবা ঊচিগা
লৈনবিবা মরী
মরী অদুনি
নঙগা ঐগা লৈনবা মরীদি ॥

## মপান থোকফম

কায়জদ্রবা সাধু অমনা নোংমা
ইম্ফালদা থিঁজে মপান থোকফম
নোংঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবদা
ফংবা কৌবা লৈত্রবদা
মীওই কয়াদা হংজবদা
কায়নথঙদা
অঙাওবা নূপা অমদা হংলুবদা
খুমলকখি অসুম্না
রাজনিতি দল কয়াগী
লোযশঙ ময়াম অমা লৈরিবসিদি ?
সাধ্ মঙক নোমই
সাধু মঙক নোমই ।।

## ইমা

ইমা,
ব্রাহৈসিবু তারগা নীংশিংলকই
মতম কুইনা ইচীলসিনা
কৌজবা ফংলক্রবী ইমাদো
তাইবঙদা উবা ফংখিদ্রবী ইমাদো
ও ! ইমা, অমম্ববু কিজবী
নহাক হল্লকউবা অমুক্তদি
অমম্ববু কিদুনা অঙানবগী লমদমদা ।।

## ব্রাহৈ পরেং অমা

মন্ত্রি অমনা নোংমা মাগী খুঙংদা
লোয়শঙ অমা শঙ্গাবা হাইথবদা
উখি কার মনুংদগী য়েংথোকখিবদা
ভোৎ লেপ্পমদাই মতম অমদা
ইরম্বা মখুৎমক্কা চেকপল মমায়দা
ব্রাহৈ পরেং অমা
— শেঞ্জা থুমজা মুৎথৎলু
হৌজিক্কদুম হেন্না ময়েক লাখৎলকলিদা
খনখি মন্ত্রিনা মপূক্লীংদা
ঐসে ওম্থোক্লসু ঙাওশন্নরকম্ব্রেদা
থোক্ল-থোক্লবদা তৌবকম্ব্রেদা
অপঙবা মীশিংনা থাজদুনা মসিদা
ঐনা ভোৎকাসু কাবকইদা
আহা য়ো ... ॥

## খৎনবা

লাইনীংবা মশেল খৎনরি
লাইমান্নদবা মশেল হাৎনরি
লাইমান্নবা মশেল হাৎনরি ॥

# থামায়খ্রবা ৱাহৈশিং

ৱায়েনশঙগী থোঙজিন্দা
লেপ্পুরিবা ৱাহৈ খূদীংনা
মাঙব্রবদা
মশা মশাগী মশক মচুশিং
মতীক-ময়াই মপাঙ্গল
ৱাহৈশিংবু
লিলহা লীবগুম থম্লীংলুবা
ফোর্মলিন হাপ্লবা পাত্রদা
হান্নগী হান্নগুম লৈরম্লবা
মংপোপ অমত্তা কায়দা
কযাদা নীংবা কাযজবা ঐনা
পুথোবকপদা
অপৎপা পুমথরবা ৱাহৈ ঙাক্তা
ঙবাংতগী ৱাহৈশিংনা ওইবম্বদা
ৱাহৈশিংগী
শাজৎ মাযথোঙ
পূমওন ওল্লম্বদা ।।

# মায়থীবা

নোংমা নোংমগী
অনাবা হেঞ্জিল্লকলিবা ইমাগী মায়থোঙ
লৈবা ঙমগনি করম্না য়েংদুনা
অনৌবা লায়েং অমগী
অনৌবা আশাগী মঙাল
অদুদগী
কায়থরবা আশাগী মমশিনম্লবা তাইবঙ
আশা — আশা কায়বা
অমুকসু
আশাগী মমাঙদা আশানা মাঙখিবা
মথং মথং
মহৌশা
নহাক্লা লোইনা মায়থীবা পীরে
আশা পূন্বা ঐগী;
মায়থীরে নফমদা ঐসু
অরোইবা ওইনা মহৌশা নহাক্লা
কৃপশিনবীরে
অমুবা কায়খুমফিনা
ইমাগী তাইফেৎনরবা মায়থোঙদা ।।

## খুম্মুনে অমুক্তা

ঐবু য়েংলিবা নুমীৎ
হংগে ঙসিদি নঙোন্দা
করিগুম্বদা
খনবরা নঙনা ঐবু
অঙাঙবা মূক্লা
পিক থন্না য়াওরবা
মূকফু অমগুম্না
অমুকসু
পাক্লবা মালেম অসিনা
চেবাঙ অমগুম্না ইদ্রিবা
চেবাঙসিগী মথকসিদা
হৈদোক্লবদি ঐনা
য়েংবা ঙমগদ্রা নহাক্লা ॥

## ঐগী ৱাখল

নোকহল্লম্বা ৱাহৈদুনা
ওইববি অমুকসু কপ্পনবা
কপহল্লম্বা ৱাহৈসিনা
ওইরকলি অমুকসু নোক্লনবা ॥

## অশিবনা তাল্লকলে

লায়েংশঙ মনুংসিদা
হিংনীংবনা ওইরি আশা
চংখ্রি খরা অমনা
আশাগী ওন্না তৈনবা মায়গৈদা
মীনমলমলগা আশাবু আশানা
হীদাক থারি অনাববু অনাবনা
থাঙ থারি করিসু কান্নদনা
ও !
তাল্লি অশিবনদি তোয়না
অরোইবীদা কাখৎলবা মখ্যাৎ উৎলদুনা
চেলহৌবো হায়না ঐখোযবু
হুন্দোক্লমদুনা
লায়না চেল্লবা ফমুং লায়েঙশঙগী ॥

## নুংশি লৈরাংশিং

চীম্বালদগী শাৎলকপা চান্নবীগী
লৈবাং কয়া নুংশি ৱাহৈশিংগী
ঙসিদি কেল্লকখি উফুল্লক্তা চোইজাইননা
খূন্দুনা লংদুনা কাওদুনা শান্নৈ অঙাংশিংনা
পোক্লাউবী মরূ ওইনদুনা
ইজ্জৎ মাঙলবা ৱাহৈশিংদুনা ॥

## আত্মাঘাত

ওজোন লৈরোনবু পোমাই হাংলুরবা
ইশাগী ইখূৎ অসিমক্না
হাংচৈ মেৎলদুনা ইশামক্কী চরমদা
হীপ্লি ঐ কূ ওল্লবা মালেমথক্তা ঙৌনা
কূপ্লকলি
অমুবা লৈচীলগী কায়খূমফিনা
মিহুল য়াওদ্রবা ঐগী হকচাং থকসিদা
চূরকলি নুমীৎকী মৈহুমনা
পোৎলোইবগী মৈ
মীওইবা কৌবা ঐহাক্কী হকচাংদা ॥

## ঈরাং

পাম্ভোইবীসু লাৎনৈ
দুর্গাসু লাৎনৈ
পাখং মচা ময়াম
ঈনখৎলকপী ময়াম
মাইক্রোফোন্দা লাউরি
ইমা পাম্ভোইবী
দুর্গা মাতা হায়না
অপোকপী মমাবুনা
ইমা থোরাইমচা
খোঙপাক্না কাওশিনগে হায়রল্লগা
ময়ূমদগী হৌজিক্তা থোকখিবা
নুপামচা অদুনা ॥

# নুংশি খূদম

নুংশি ঈথৌ লাংলবা
ঐগী ইমীৎ অনিনা
তূমথরকৈঙে ঙাইহাক্তং
য়েন্নীংথাগী উথাসিদা
য়েকলম্মী খূনমসিদা ঐগী
শকউহৌদ্রবী কনানা
মাগী তঙাঙলবী চীন্নালগী শক্তম অমা
মাগী চীন্নালগী তুরিদুনা
কনানো মহাক অদুবো ?
পুন্সিগী অহানবা থেংনখিবা মীকুপ্তগী
ইকাইদুনা লোত্তুনা লৈখ্রবী
খুঙ্গংদুগী কঙাওনখ্রবী মহাক্তুরা ?
কয়াগী মতীক নীংথিজখ্রিবা
মোমোন্নরি মমিসিনা
নুংশি ৱাহৈসু হায়বগুম্না
কনানো নঙবু, কনানোনে
কদাইদনো নঙবু থোরকলোনে
থম্বীরম্লগা অসিগুম্বা খূদমসে নুংওনবা ?

## ইচা

ইচানবু মতৌরবদি
ইনুংদবু মনুংশিহে
মীপোৎ হূরাম্নুরবসু
মীচা ফূরুরবসু
অকাম-অপেৎ মঙাঙলবসু
ইচানবু হেক মতৌবা ওইরবদি
নুংশিহে নুংশিহে
ইনুংদবু ... হাই ... ইনুংনদবু ইনুংদা মনুংশিহে ॥

## খংলাউ লাউরকপা

নহানমখৈনা অচীকপনি
ঙসিনা অশাউবগী খোল্লাউনি
মথোঙ হূক্তুবশিংদুনা
মচীন মেনবদগী খংথা থাদোরকপদা
লাউরকই কৈথেল লাইরেম্বীনা
লময়ায়দা মফনেক থোক্তুনা কল্লগা
হৌদোঙ হাংপগীসু বন্দ
য়েন্নাউ তকপগীসু বন্দ
হূই অঙাওবা ফাখিবগীসু বন্দ
ঙানু মাঙখিবগীসু বন্দ
খীরে বন্দ, ওকলে ওকলে ॥

## অমাবা মরূম

অনৌবা সভ্যতা অসিদা
নঙতা নৎতে লৌশিংবা
জীবগী থরায়বু লৌরগা
ঙমগনি খল্লি নঙনা শাগৎপা
নঙগী তোঙানবা লৈপাক অমা
হৌরে হৌজিক্তগী হৌনা
ঐবু ইচীন মেনবদি
নঙগী ছুরিগী মতোল্লা
ওল্লোই নঙনা কোল্লিবা নরূমদো
ওল্লোই
অনৌবা নরূম কোল্লু
নরূম অদু নৎতবা মাবোইদবা ।।

## অরোনবা ব্রারী

হায়রম্মু ব্রাহৈ কয়া কয়া
উপ্পগা মায়খুম
নশক অদু খঙহন্দনবা
থম্মোইগী অশোকপা কয়াগী
অকিবা অমত্তা পোক্তনা
তাজগে ঐসু
'উম উম' হায়নতা
উপ্পগা ঐসু মায়খূম
ইশক অসি খঙদনবা নঙনা ।।

# নীংশিংলকপা

লৈচিলনা ৱাউরি ৱাউবি থাংলৰা
ফাইরেলগী নুমিদাংৱাইরম
মরোল থোকপোই থোক্তবোই
ঙসাইতা তেলঙ্গা শাবীয়ু হায়রম্বা
নৌবিবা ইচাশিং চৎখ্রি
চেন চোংদুনা লৌরীদা
ট্রিং ট্রিং খোঙজি মখোলদা
খোঙজি মখোলনা তাখিদ্রবদা
থীবকলে নুংশা অমুকসু
লৈথোক্লদুনা মাযথোঙ যেংলুই
উকুবদা মখোযগী অথাপ্পা কৃষ্মৈ
উবকখি শংশংনা পূক্লীংগী মীৎতা
অসিগুম্বা
ঐগী নুমীদাংৱাইবম কযাগী শক্তমশিং
মখোযমুক্তা চাউবিঙৈগী ।।

# তোমচৌনা শিরবদা

ঙসিদি তোমচৌ
ওইরে অশিবা হায়বদু
মাগী মথন্নায় য়াওব্রবা হকচাংবু
পোৎলোইরি কৃ মথক্তা হাপ্তুনা
করিগুম্বা মীনা
মানা শিববা মতুংদসু
মাগী মমীৎ অনীদুনা
উদুনা অদুম লৈববা
উগনি তোমচৌগীসু মমীৎ অনিদুমক্লা
মানা শিবদা মী তিনবীদবা
অশিবা হংবা মী য়াম্না লাকপীদবা
অমবোমদা
চেগায মচেৎশিং অদুনা
কপ্লি তোমচৌগীদমক্তদি
তোমচৌগী মনানা তাগনি
শিববা মতুংদা মীনা
মাগী মনা অদুনা
অসুম তাদুনা লৈববা
থংনবা যুমগী ইংখোলদা
মন্ত্রিগী মমা হনুবী
মচানূপাগা মান্ননা ফত্তবীদুনা শিবদা
লৈবাক মীয়াম লাক্লুনা তেংথাবা
— মবুক ফবী ইমানি
লৌশিং চাউবী ইমানি
হৌজিক্তি তোমচৌ
মদু পূম্বা উদে ।।

## অরুবা

শুরুংমুক মন্নবা
অমম্বদগী নূপা অমনা
পীরকলি ভাষন অমা
চুম্লিবরা
লাল্লিবরা
অঙাওবরা নূপাদুবু
তাবা তাবনি
তাবদং তাবা তাবনি
যেংলুবা যাদে
খংমুবা যাদে
[illegible]লুবা যাদে ॥

## য়াইফ পাউজেল

চৈরাউবা নুমীৎসিদা
পাউ-চে খূদীংদা
য়াওরকই
মুখ্যমন্ত্রি অমদি রাজ্যপালগী
য়াইফ পাউজেল
শান্তিগী পাউজেল
পাদি পানীংবনি অদুবু
পাপ্পরোই ঐ পুন্সিগী অসিগুম্বশিংসি
নোক্লীংলক্কনি ঐ খাম্বা ঙমদবমখৈ
মদু হেক পারুবদা ॥

## শাদানবগী থম্মোই

মীনুংশি খঙদ্রবা
নোংমৈ পায়বা শাদানবদুনা লাকপদা
তোল্লবা শক্তি মচা অদুনা
চেঙৈ য়াঙনা তথক্লনা
কনবী হৈবা অথাপ্লবু তম্না
কৌজরদুনা অথাপ্লবু নুংশিনা
তমথীরবা শাদানবা অদুনদি
খল্লি য়েক্লবনি অথাপ্পদি
পঙকাপ্পা কাপ্পীংই নোংমৈনা
অথাপ্পনা তুদ্রিফাও শিদুনা ॥

## নুংশিনবা

দোং দোং দোং ...
পুংজাউ য়ৈদুনা লাউবকই
ইতিহাসনা অসুম্না
— তাউ তাউ
লৈবাক মচাশা
চীংমীগা তম্মীগা ইচীন ইনাউনি
অদুনা নুংশিনবো – রেডি, ৱান টু থ্রী ...
মীয়াম্না খুম্মী
— ও, নুংশিনরে নুংশিনরে ॥

# অশিবশিং

অশিবা কনানা নোকলি
হৌনা হৌনা
ঐবু থৌনা ফবা
ঐবু থৌনা ফবা হা হা হা ...
অশিবা অমনা কপলকই
হীক্লা হীক্লা
ঐবু করিগী ইরাল
ঐবু কমদৌনা ইরাল ও ! ও ! ও ! ...
অদুদগী
অশিবা মযাম কপখৎনরকই
অদুদগী
অশিবা মযাম নোক্লরকই
অহিংবা মীনা তাননবা
অহিংবা মীযাম্না তাননবা ॥

# শৈরেংনা মাঙখি

হোংলকলিবা মতমগী
ময়া লাওনা কাথোক্লবা
লিল্লবোপ ওল্লবা অঙৌবা চেবাঙসিনা
চাথোকখি অরেপ্পা লৈতনা
ঐগী কলমনা কোকথোকচরকপা
উচেক্কী মরুমগুম্লবা ৱাহৈশিং ঐগী
অমত্তা ফাওবা খাক্তনা ॥

## সাধু অনি

লাইরবা হূইবুগা
নুংশিরবা মাগী হূইগা
খাঙমিন্নরি অরাম্বা
হূরানবগী থৌনা লৈতবদগী
নোংমদি
অরাম্বনা হেঞ্জিল্লকপা মীৎকূপ্তা
হূইবুগী অমাংবনা
চাক ওই
হূইগী হক্কী ঈশিংনা
ঈশিং ওই
চামীন্নৈ হাউরবা চবা অমত্তং
ইজ্জৎ লৈনা
অদুবু অসুক চিববা তানফমসিদফাও
হূবাল্লু য়াদে সাধু অনিদু ॥

## নুমিদাংব্রাইগী ফুব্রাউনবা মশেক

নুমিৎনা ময়ূম চঙলমদাইসিদা
হৌজিক্তি ইখঙ খঙহৌদনা ইম্ফালগী লম্বীদা
কংলৈপাক্কী মীয়ামগী তাইফেৎ তাইবা মায়থোঙশিংদুদা
হেক হেক তারকই
পাঙ্গল থোক্তবগী শিরমদাইগী ফুব্রাউনবা মশেকশিং ॥

## লিলা

নূপা অমা থোরকই
নূপা খরা থোরকই
খরা ঙাঙদে মখোয়
নূপাদুবু তাপ ফায়
লেঙবা লাকপা ঙম্মদনা
চপ্পী মখোয় ময়াম্মা
হাংলি মখৌরী চবম মেৎতুনা
চপ মান্নে মঙলাক্লবগা
কৃনুংদা হাপকৎলগা
হাগিগী মশাকনা পাংলি
এবং মৈনা চাকাল
লিলা অদু লোইশল্লি
লিলা অদু লোইশল্লি ।।

## পংখৈ

হায়বা
হায়বা
লোইখ্রে হাযবগী ঙম্খৈদি
হাযরে হায়নীংবা পূম্বদি
খূৎহায় অদুতা ঙায়রে
তোঙান তোঙানবা ।।

# ব্রাকৎলুদ্রবা

খাঙজৈ মীখাপোনববু ঐনা
শাবঙসিগী মনুংদা ব্রানা
হিংসি হিংঙমদনা শিশি শিঙমদনা
শারংসিগী মনুংদগী উরি
হেলোয় মচা অমা নীংথিরবী
পকচবদগী পকচরবা ফীজোন্নরবী
পাইরি কোয়পাই পাইরি
মোমোন মীনোক তল্ল তল্লদুনা
থক্তা খাদা হঙ্গৎ হন্দা হঙ্গৎ হন্দা
কুরাক মচা অমগুন্না ।।

# য়ূম পানবা ১দি শৈরেংবা

য়াওজবকপা প্রতিভানা
লীৎথোক্লগা মনীংথোঙদা
চেনখি শম্বল ফাওদুনা
ঈশৌ লাংবা হৌবকপদা
শুমজীৎ অমা পাযদুনা
ঐগী নূপী ... না ।।

## থাঙশাং

কুইরবনি মহাক্লা থাঙশি শারকল্লিবা
থাঙয়াশি লংলবা পাদ্রিং পারবা
ঙাঙনা ঈক্লগা নুম্নীৎকী মৈশাদা
মথৌ শঙই লূপ্তুনা লোক্তাক্কী লাইজদা
মীওইবা কাঙলূপকী নুংশিনদবগী
থৌরবা য়োৎতুনা ওইখি থাঙয়োৎ মাগী
হৌজিক্তী চাংয়েংখৎলকলে
চবৎ চবৎ যাল্লকলে
তিন্নদবা কাঙলূপশিংগী মীওইশিংবু
শোইথবকই মতূপ মতূপ থোক্লা
শাপ চঙবা ঙমদ্রবা মখূৎতুনা
লংথোকখি লাউনা খোংনা নোক্লদুনা থাঙশাং
মাগী থম্মোইসিবু পেল্লরিদ্রা মসিনা ?

## তায়োন্নরবা

অমম্বদা ঐ
লাই থেংনগদ্রা কিরুদে
লমহূই কিকদে, কৈ কিরুদে
ভূৎ কিরুদে, তম্নলাই কিরুদে
অদুবু ঐসি
কিবা খঙদবদি নৎতে ॥

# নীংশিং নুমীৎ

নীংশিংনশি লাউ
নীংশিংবগী নুমীৎনি ঙসি
[illegible] চূরূপ শে
গিলাস অসে লৌশে
ঐনা খরচ তৌগনি
চাশে থকশে নীংশিংনশে
কাউরবরা য়েংউ মান্দ্রবরনে
মায়থোঙদু অদুঙৈগী ঐগী
নীংশিংউ
তুং হল্লু মরূপ
নীংশিংবগী পন্দোল য়ৌনবা
অতেকপা য়া হাপচিনশে
মায়হিং পুন্না কোকহনশে
চিরাই অতাঙবসু হৌহনশে শম
ঙম্নবা নীংশিংনবা হেন্না
নীংশিং ময়াই কামিন্নশে লাউ
নীংশিংবনি নুংশিবা
নুংশিবনি নীংশিংবা
নীংশিংবগী নুংশিবনি
নুংশিবগী নীংশিংবনি
কদায় নীংশিং লৈরাং
নীংশিং মীনোক
নীংশিং ব্রাহৈ
অমত্তা কাউদে ঐ
পীরকউ লোইনা ঙসি
লাউ মরূপ লাউ ।।

## শৈরেং

মচীন ফোংচিল্লবা
শোইনাইবসু শোইনাইরবা
কুচু কুমেনসু থোক্লবা
নাউ শারবা
মথৌনা মাঙলবা ৱাহৈশিং
ৱাহৈশিং অদুনা ওইরকখিবা শৈরেংশিং
মাঙউ তাকউ তুম্না
নখোয়বু ঐনা ঙসিদি
পোৎলোইগনি হিংনা হিংনা
নখোযবু উবগা
নীংবা কাযহনবগী ঐবু ॥

## লৈশাবী

মশানা মশাবু
লৈশাবীনি হাযজৈ
লমদম অসির্দদি
ঐসু হাযজৈ
ইশানা ইশাবু লৈশাবীনি
নঙসু হাযজৈ
নশানা নশাবু লৈশাবীনি
ইয়াদা যাখ্রে শ্বাইদদি
কনানসু পীরকলোই অয়েৎপা ॥

## লৈপাকলৈ

ননশিনগ্রে
লেপ্পা লৈতনা
নুংজাউ মবোল কয়ানা
লৈপাকলৈশিংবু
অদুবু লীংখৎলকই
লৈপাকলৈদি অসুম
লৈপাকলৈ ওইনা অসুক কুইবসি
কযাদা নীংথিজবিবা পাম্মুব্রেদা
মতমগী নুংজাওশিংনা
ননশিনখিগদ্রা ঙমদ্রুনা নোংমাদ ।।

## লাই

ঐনা চৎথোক্লমদাই খুদীংদা
অসুম্না হায ইবোক্লা ঐঙোন্দা
ইবুংঙো লাই-তীন ওক্লনিকো
মফমদো লাইফম তীনফম কনবনিকো
খুন্মী ঐনা অমুক ইবোক্তা
থেঙনববসু মশক খঙলোইদা
নুংশা থীবীকনু অবেম্বদা ।।

# মী থৌরী

পুনশিনবীরে
মীগী থৌরীনা
অনৌবা অওনবা পামজরবা
থাংনীংবনা ঙাওরবা খোঙশিংবু সভ্যতাগী
অনৌবা ফীরালতবু থেৎনীংবনা লাঙতক্লরবা
খৃৎশিং অসিবু
কয়াদা কন্না পুনশিনবীরবা
চৎনবীনা তাশিনখ্রবা
মীগী কল্লবা থৌবীসিনা
থদংপা থৌনা [illegible]মদনা
[illegible]
[illegible]
ম[illegible]কোক্‌[illegible] পাঙশমদা শম্লবা
শাথীখ্রবা হ্না ঙাঙদবা
মীগী থৌরী অসিনা
পুন্দুনা থল্লবা
মাঙদা চৎনীংলবা সভ্যতাগী খোঙথাংশিং
সভ্যতাগী
ঙক্তা খৃদাংদা খোঙদা
অনৌবা সভ্যতা নঙনা
কান্নদবা মীগী থৌরী
থদংত্রিবা কবিগীনো
হাইদংত্রিবা কবিগীনো
নথৌনা অমদি নপাঙ্গলনা
ফুনগৎলবা নঙনা




লমনবা সভ্যতা
চিদুনা চেলহলখিসি তুং হন্দুনা
শ্রাক্লা লাউ
লাউনা খাকউ
অনৌবা নঙনা অরিবদা ॥

## অহিং

অহিং নোংয়ায় মতুংসিদা
হূইশিংনা
লাক্লা লাক্লা খোংলকপা
তারি ঐনা
খোঞ্জেলশিং অসিনা হায়রি
নঙবু লৌবা লাকলে
নঙবু লৌবা লাকলে
হৌজিক্তি
ঐবু পোকপী পলেমনা নুংশিনা
নাউশুম ঈশৈ ফনা শক্লুনসু
তূমথহনবা ঙল্লরোই — ঐবু
ঐগী লূম্না নীক্লবা থম্মোই
ঐগী ব্রাখল নাকোঙ মীৎশিং
য়াকায়হনখ্রে অহিং কয়াগী য়াওনা
চিংনরবা ইশাগী মিহুলশিংনা
চোংবগী দং দং খোঞ্জেল্লক্লা
তারকলি কোম্থোঙ হাংবগী মখোল অমা
খোংউপকী খোঙথাং মখোল খরা ... ॥

## লুপকী থোক্লকলবা লাইরিকশিং

১। বারীমল থরগী খোঞ্জেল (বারীমচা, ১৯৯৪) - খোমজিনবা

২। তাইবঙ ফাওত্রিবা মঙলান (বারীমচা, ১৯৯৬) - এল. রামেশচন্দ্র

৩। ইচৌরক্লিবা শৈরেং (শৈরেং, ১৯৯৬) - খোমজিনবা

৪। কালিকটনা কৌরকপদা (লমকোয় বারী) - এল. রামেশচন্দ্র

৫। অরোইবা খোঙজীন (বারীমচা, ১৯৯৭) - এল. রামেশচন্দ্র

৬। ঐ তম্রক্লিবা য়াহং (শৈরেং, ১৯৯৭) - এল. মৈপাক

৭। পুন্সিগী কায়রবা মচৎশিং (শৈরেং, ১৯৯৯) - ধন্নজিৎ খোঙাম

৮। হিংবগী মথেলশিং (বারীমচা, ১৯৯৯) -এল. রামেশচন্দ্র

৯। মীৎয়েং অমসুং শনথৈ (শৈরেং, ১৯৯৯) - য়াইমা হাওবা

১০। পুন্সিশিং য়াহংশিং (বারীমচা, ২০০০) - এল. র'মেশচন্দ্র